# য়াউকম্ তাক্পা

| মীরম | লামাই |
|---|---|



—:(0):—

## ' মীতৈ য়েক-সালাই লীক্‌থুন

### [ ১ ]

### [ মীতৈ : — — —হৌরকপা ]

অহুঙৈ — — হৌরক্‌ঙৈগী রানি ॥ কনাম্ব করিম্ব লৈত-রিঙৈদা "ঈপুঙ্‌লোইনবা অপক্‌পা" মথন্তমক্‌ লৈরম্মী ॥ করিমত্তা লৈরম্‌দবদগী লৈরক্‌পবু পক্‌লক্‌পা কৌই ॥ মীতৈদি "ঈ"গী সাইওন্‌-লাংওন্‌নি হায়বা থঙ্‌ননবা ঈপা, ঈমা, ঈচা, ঈম্বু—হায়না "ঈ"তবু পক্ল-পক্লনা মিংগৌ থাগৌনরি ॥ অহুনা "ঈ"গা লোইনরক্‌পা রারী ওইবনা ঈছান্‌ হেক হান্‌বা মপু অহুবু "ঈপুঙ্‌লোইনবা অপক্‌পা" হায়না পুয়ানা তাক্‌ই ॥ ঈপুরোই সিদবা, অভীংঅা ( অতীয়া ) সিদবা, অতিংকোক্‌ সিদবা অসিনচিংবা মিংথোনবু মহাক্কী ওইখি ॥ সিদবা মপু মহাক্লা ওন্ন-ওন্না সাইওন্‌-লাংওন্‌ পুথোক্ক্‌না মুংসিং, মুংসা, ঈসিঙ্‌নচিংবা অমদি অপান্‌ অরং, মালেম্‌-লৈসা, চীং-মান্‌, নাপী-সীংবী উরী-উপাল্‌— — থৈপীক্‌ ওইখি ॥ অরাং কৌক্র অম্বপ্পা, নোংপোক্‌ চীংথৈ অপান্‌বা, থাংচীং কোইলেল্‌ লাই সিদবা, খা-না চাউবা রাংপু-লেন্‌ (রাংব্রেল্‌) লাই সিদবা, ঈরাই পুলেল্‌ পুলিং লাই সিদবা, লাইনিংথৌ পাংকন্‌বা অসিনচিংবা সাইওন্‌স্ব ঈপুরোইনা পুথোক্‌খি ॥০॥

ঈপুংলোইনবা অপক্পনা মহাক্কী মনিংসা য়েৎলম্‌দগী সলাই-লেন্নচিংবা লাইরেম্বাসিং অমসুং ওইলম্‌দগী লৈমালেন্নচিংবা লাইরেম্বীসিং পুথোক্লে ॥ অহুদসু নত্তনা তুরীক্ তুখোংদগী সারোই কাঙ্লুপ্সু পুথোকলে ॥ অসুম্না পুথোক্খিবসিং অহুনা কোক্রু চীংদা কাহুনা মহৈং-মহৈ খুত্তা লৈতানরে ॥ সলাইলেন্না (সোরারেন্না) মখোই পুম্নমক্কী মথক্তা নিংথৌ ওইনা লুংঙাই থোইনা পান্লে ॥ সিদবা মপুনা, থক্কা থাগা অনিগী মরক্তা ওন্ন-ওন্না সাইওন্-লাংওন্দুনা পুথোকপীখিবা থৌরাইপান্বা থৈবীক্কা মপু মাবু থিদুনা মপু অমা লৈ হায়বা থঙ্ননবা, সলাইলেন্ সিদবগী মফমদা তলং লাইপাউবু পীরক্লে ॥ লাইপাউগী মতুং ইন্না লাইনিংথৌ সলাইলেল্ সিদবগী অসেঙ্বা ঈসাইকু ঈরো-মুংদা লুমিং হুন্নিসুবগী অঙাংগী মওং ওইনা সানাগী মচু মান্বা নোরা অমা ফংজরে ॥ সানাগী মস মনা লৈত্তেংবা নোরা অহুবু উবদা "সানামহী" হায়বা মিংথোন্বু থোনবীরে ॥ সলাইলেন্না মচাগী মতম্‌শুম্ন লৌখত্তুনা লাইরেম্বাদি সিদবী লৈমারেন্দা পীসিল্লে ॥ ঙাংলৈনবা নোরা অহুবু "অঙাং" হাইনা মিংথোন-বীহুনা লৈমারেন্না চেংন চান্না কোনসিঞ্জরে ॥ তরুকনি সুবা লুমিত্তা ঈখৌ ঈপাল্ লাংহন্দুনা ঈম্কৈ সেংহুনা "কোন্সেং তুরৈসেংবা" মিংথোন্বুসু পীবীরে ॥০॥

কোন্সেন্ তুরৈসেংবনা (সানামহী) চাউরক-সাংলক্লবদা মপাবুং ঈবুংঙো সলাইলেল্ সিদবনা কোলোই ময়াথংবু তাউথ-বীরে ॥ তলং লাইপাউগী মতুং ইন্না মচাবু মথৌ-মঙম্ ওইনা,

তাইবংমীবু সাবা হৌরো হাইনা তাকপীরে ।। মপাবুংগী য়াথং থোইয়া নিংথিববু চরৈ ফিগাও-সা, সমু মকোক-থোং, হোই-য়ারে ।। সানামহীনা অহানবা সাবা পোংলমবু মপাবুংদা কংসিল্লে ।। হেক্লা ওইবা য়াখিদবনা মপাবুংনা মথৌরাইবু হাপ্পী-হুনা "নমু-মিতম্-ঙা" (ঙামু) হাইনা মিংথোনবীহুনা লাইজমুংদা থাদোক্লে ।। অস্থুম্না সোইন-থম্মনা সানামহীনা কয়ামকুম্ সাখিবসিংবু মপাবুংনা মথৌরাই ওন্না হাপ্পীরে; রাহি-মুমু, কক্চেং থোইয়া, ঙা-কৌজেং, খোংলি লাউরিবা থৈবীক্পু ওইখ্রে ।। ঈকোন্ কোন্বদা, অতিয়া সিদবগী মমিং মনুংদা লৈবা মিং-নহাদা তারিবা সিদবগী মিরেলবু মাম্না, মপাবুংগী য়াথং-তুংইন্না মিদগী মিতম্ লৌহুনা সাখিববু "মী" কৌহুনা পুথোকলে ।। পুথোক্লিবা মী অহুবু মপাবুংদা কংসিল্লে ।। মচানা সারিবা মী অসিদি পোক্পা-সিবা নাইরগদবনি অমস্থুং মমা পীবুক্লুংদগী তাইনবা অসিদা হেক্ থোক্লক্পদা পঙ্থগদবনে, তাকপীরে । অহুগী মরম্না "তাইপং-মী হায়না কৌরে ।। মিদা সাইওন্ তৌহুনা পোক্থিবা সাখিবা তাইবং-মীনা, সাখিবা পুম্নমক্তগী তোপ্ তোপই, অতৈ অমা ওইরে হাইবদগী "মী+অতৈ= মীতৈ" হাইনা কোলোই মিংথোন্বীরে ।।৩।।

লাইপাউগী মতুং ইন্না সানামহীগী মতিক্-ময়াইনা ওইখিবা সেম্খিবা মী অসিদি পুম্নমক্তগী থৈরে লোম্লে হাইবদগী "মী থলোঁপা" হায়নমু থঙনৈ ।। মী থলোঁপ অসিগী মপুঙ্ফাবা নিংথিজবা চেংলৌবু -- লৈমারেল্ সিদবীনা উজরবদা তিল্লাং

খোইদাজরে ।। মপুগী কোন্দগী তুক্থখিবা তিন্নাং অহুবু খোইদাজরুবনা লৈমারেল্গী খোইজিখাদা তুঙ্হনা, নাউপুন্ ওইনা য়োম্হনা, পীপুক্লুংদা, লৈপ্রে ।। থাবুং তরা নাউপুক্লরগা তাইবংপাল্ ফাউরক্লে ।। লৈমারেল্গী পীবুক্লুংদগী তাইনবা অসিদা হেক্ খোক্লক্পদা ঙাইহাক্ মাবু পঙ্থরে ।। সলাইলেল্গী য়াথংবু অমত্তা কাইদরে ।। মী খলোবগী হেন্না মপুঙ্ফাবা সক্তম্ ওইনা উৎলরে ।। হুমিৎ সিঙ্বুম্ তরক্নি হুবদা সিদবা মপুনা "লৈপাক্ মাইবা খুরাই তাঙ্বা, নিংথৌ মাইবা চীরাইহন্বা" সাহনা, মাইচৌ মাইনৌ ওইহনা অমাইব অমাইবী সাহনা, অনম্ অথৌ কোক্পীরে; লাইজা ঈপাল্ থাবীরে; নাহে লাইশোল্ হাইদোক্পীরে ।। লাইলুপ্কীদি অকোন্বদা, মীওইবগীদি মচীন্ভৈদা পোক্খিবা : পোবপা মতম্দা ঈ-পুন্নমক্ তুক্থখিব, তাইবং ফাউরক্লিবা নোৱা অঙাং অহুবু "কোন্চীন তুক্থবা" হাইবা কোলোইবীরে ।। থাবুম্ তরা নাউপুহনা পোকলক্পনা থিন্দনা হম্-হম্ চাউখৎ-লক্লে ।। সারেপ্ ফারে, "পা" (মপা) ওইবগী ময়াই পুন্নমক্ খঙ্লে হাইবদগী অমদি মপাবুং সলাইলেল্গী ফম্বাল্ ফালখো-ঙ্বু তরেৎলক কৌহনা ফম্বাল মেনবু তোংজখিবনা, "পাখঙপা" (পাখংবা মিংথোল্ ফংজখি ।। অহুদম্ব নত্তনা মিংলেল মিংথৈ তরামাম্ব ফংজখি ।। মমৈথংদা "ঈ" পুন্নমক্কী পুকোক্ ওইনা নিংথৌ ওইহনা পান্খি ।। অহুগীদমক্ মহাক্পু ঈপুথৌ পাখ-ঙ্পা (ঈপু ধা পাখংবা) অমদি ঈনিংথৌ পাখঙ্পা অম্মা খঙ্নপ্রে ।।০।।

[ ২ ]

[ কংলৈপাক্ কোবা ]

অম্ররোম্‌দা —— সানামহীনা, চীংউ খোইন্নুম, অচং চক্তা লেঙলি পাল্লিবা থিবীক্তী নিংথৌ ওইহনা লৈরে ॥ *হা *হুং *হৈ *হে *হিং হাইবা ঈপুঙলোইনবা অপকপগী মিংথৈলেল্ অসিবুম্ব পীনরে ।। ঈপুঙলোইনবা অপকপা, লাইগীদি লাইনিংথৌ, তিংনা লোম্না পানবা তিংপানবা ( তেংপানবা ) মপু, কোন্‌সেন্ তুরৈসেংবা, সানামহী, য়াইবী কোন্‌গী মপুথৌ কায়াং ালেল্ সাথোবা, লৈরক্ কোন্‌সাঙ সিল্লিব, য়েক্ক-সরোই লাম্‌-লাইবা, খোবাম্নুংদা লাম্নবা, নোংমদোন্ থক্তা পল্ ওইবা, স্নজীংনা নাউকোন্‌বা, থৌরাই হায়না খঙনবা, সম্মোংগীদি মরিবা, ফুঙ্গাগীদি লাইরুবা, থোংঙারেলবু ওইরিবা' সন্দংথাদা খৌসাবা, কৈদা লৈরে কৈরুংবা, লম্‌লক্তদি লম্মাবা, লৈপাক্ মাইবা থুরাইতাংবা, নিংথৌ মাইবা চিরাইহন্‌বা......মপু মাগী সাইওন্‌সিংগী মিংলেল্ মিংথৈরোনবু মহাক্তী ওইখ্রে ॥ অহনা সানামহীনা পুম্নমক্কী লাইনিংথৌ ওইহনা, মপাবুং সলাইলেল্ সিদবগী য়াথংবুম্ব কাইদনা, তাইবং খুনপাল লৈপাসবগী মরম্‌-নিবীকপু, মসানো ঈবুংঙো পাথংবদা মথং মথং তাকপীখি ॥০॥

"ঈপুঙলোইনবা অপকপনা ঈমুঙপুঙদগী মালেম্ লৈসাবু হাম্না কুকুথং চিংথং থাংকললক্কনা কৌক্র কংলা ওইখিবা, কৌক্র চীংলেলথক্তা লাইনিংথৌ লাইরেম্বাসিংনা সুংঙাই থোইনা

পান্থিবা, মতাং অমদনা সরোই কাংলুপ্পা মপাঙ্গল্ চৈথেং উত্তুনা, লাইয়াম্সিংগী মখুকম্ মুন্গে হাইনা লাম্বারকথিবা, অহৃতম্ন নংনা তরং ঈম্নুংপুঙ্গী ঈসিঙ্বু চিথোক্থিবনা ময়েক্ লানা কংবা হান্বা মকম্মু কংলা কৌথিবা, কংলাগী থেন্পুংদা লাইয়াম্সিংনা কায়াৎলোন্ য়েংনা ঈম্ (য়ুম্) সাথিবা মকম্মু কংলা ঈক্ষম্ কৌথিবা, কংলা ঈক্ষম্মু কংনা লৈ হাইবদগী কংলৈ হাইনম্ন খঙ্নথিবা, কংলা কংলৈনা লৈবা পুঙ্ মকম্মুনা কংলৈপুঙ নত্রগা কলৈপুং-ময়োল্ হাইথিবা; মপুম্পুপ স্থপ্চীপ্লগা ... কংলা-কংলৈনা পাক্লা সম্না লৈ হাইবদগী কংলৈপাক্ হাইনা খঙ্ন-থিবা; অমদি লাইয়াম্সিংনা ঈহান্-হান্বদা কৌক্রুদা খুন্দাথিবা মথংদা কংলা ঈক্ষমদ।" লাক্কুনা (কুম্লকুনা) পাল্লথিবা .... .... অসিনচিংবা ৱারী লিখুন পুম্নমক মসানৌ ঈবুংঙো পাখংবদা লাইনিংথৌ সনামহীনা সিং সিংনা তাকপীপ্রে ॥০॥

——

## (৩)

### (য়েক-সালাই তরেৎ পোক্লক্পা)

কংলৈপাক কৌবা লৈপাক অসিদা, লাইনিংথৌ সলাইলে সিদবগী হকসাং (হকচাং) কায়াত্তগী মুংপুঙ্ ৱাথননা তাহনা থোকথিবা. পুথোকথিবা লাইলুপ লাইমুরা, তরেৎমকপু পাখংবনা

পায়খি ॥ মচানুপা তরেৎ পোক্‌খি ॥ মথোই তরেৎ অসিবু সলাইলেল্‌গী কায়াত্তগী খাইখিবা সলাইলুপ্ সাখাই .লৌহুনা "সালাই-তরেৎ" হাইনা খঙ্‌নখি ॥ মথোই অদুদিঃ—১। মঙাঙ্ ২। লুরাঙ্ ৩। খুমন্ ৪। অঙোম্ ৪। মোইরাং ৬ খা-ঙানবা ৭। সালাই লৈসাংথেম্ অসিনি ॥

(১) মুরা ঈবেমমা লাইকোক্ ছুইমুলৈ পুক্‌সিখোমবীনা অয়ুককী খোঙ্‌লৈ মচুনা ঙাঙ্‌পা মতম্‌দা "মঙাঙ্" পোকতুনা কংলাগী ওক্‌সঙ্‌দা, ঈমাঙ্‌থোঙদা, কংলা সঙগাইদা লৈখি ॥

(২) মুরা ঈবেমমা ছুইমু লৈমানা কোইলৌ মমিনা রাংনা ঙৌনা য়ুংপা খোঙ্‌লৈ মতম্‌দা "লুরাঙ্" পোকতুনা কেকুপাংতা লাংকোনদা, লুরাঙ্‌খোংদা, লমফেনদা লৈখি ॥

(৩) মুরা ঈবেমমা লোইখুমবী মরাই থোংঙাইলেল্‌পীনা কোইলৌ মমিনা খুনা মম্‌পা মুপা খোঙ্‌লৈ মতম্‌দা "খুমন্ পোকতুনা কুসঙদা, য়াইলিপোকতা, উমুখোংদা, লৈকোইপুঙদা পুম্‌লেনদা লৈখি ॥

(৪) মুরা ঈবেমমা লাইয়েক্ পীথেৎলৈমানা, মুংয়াইখো-ঙলৈনা মেমান্‌পা অচীক্‌পা মতম্‌দা "অঙোম্" পোকতুনা কংলাগী কোনথোংদ, ওক্‌সাংঙ্‌থোং মথাদা, কোনথাদা, কোংবদা লৈখি ॥

(৫) মুরা ঈবেমমা উলুম্ থাউচাউ তোনপীনা, কোইলৌ মমিনা, অয়ুককী ঈচীক্, অমম্ অঙান্, মুনা ঙাঙ্‌না সিন্‌নানা লাংপা মতম্‌দা "মোইরাং" পোকতুনা, সনা কৈথেল্‌গী নোংচু-'পতা লৈকোইপুঙ্‌দা, লোকতাক্‌তা লৈখি ॥

(৬) হুয়া ঈবেমমা লৈথম্ তালি লৈমান্না, কোইলৌ মমিন্না য়ুংনা থক্-থা ঙান্বা, লুম্না ঙান্বা খোঙ্লৈ মতমদা "থা-ঙান্পা" পোকতুনা কাংপোক্পীদা, লাংকোন্দা, লুৱাঙচীংদা, সালাংমাইদা, তাকনাথাদা লৈখি ॥

(৭) হুয়া ঈবেমমা নোংহাইম্নু লিলী লৈমানা, কোইলৌ মমিনা আতীংআ ওইনা য়াচঙলক্পা খোঙলৈদা "সালাই লৈসাঙথেম্" পোকতুনা, হুংসেং মপানদা নমবুনদা, লৈসাঙ হিংনদা লৈখি ॥

অস্মুমনা......পাখংবনা লাইলুপ্ তরেৎ পাননহুনা মচা তরেৎ (সালাই তরেৎ) অসি পোক্খি ॥ মাগী মাগী তোঙান্ তোঙান্বা লৈফম্ তমবীখি ॥ মখোই সালাই তরেৎ অসিবু সাগৈ তরেৎ হায়নম্মু থঙ্নৈ ॥ অসিগুমবা সাগৈ তরেৎ অসিনা হংলৈপাকতা পীক্থননা পাথোক্পামথৈ স্থাঙ্-স্থাঙ্ নাইনা সনথোরকলে ॥ ——নোংহুমসঙ্দা লৈবা, খুম্-খুম্ নিংথৌগী নৌতা, মলিয়াফম্ পাল্চনা ঈংঙা কুম্তম্ ঈংঙেল্ কুম্খাই মতম্ লোহুনা কুমচং সিঙ্থালোন্ লাইলি লাইচং হুমিং থাসিং চৈহি চৈচং হোদোক্লে ॥ মহাক্না লৈমা-তাম্নু পায়হুনা কোনথৌপা পোক্লে ॥ কোনথৌপা অসিগী সাগৈবু হাউলোক্পম [হৌলোক্পম] ওইখিয়ে ॥ হাউলোক্পম্ চহু মমোমলোই কোনথৌপাকী ঈদা সাংচবী তমফাবু অমদি মীতৈ চহু মমোম্লোই কয়াবু লাইনিংথৌ সিদবা সালাইলেননা লোই ॥ লাইনিংথৌ সিদবা সালাইলেলগী খুংথা-হৈ, নহ তাইবং চাতোন

মুঙোন্ সিংনা, লাইগী চাতা-নাউতানি হাইনা চংলগদবা মরমবু ভাকপীননবা কংলা সংগাই সেন্ সঙ্ দা ভানয়ৈ সেন্ বুং য়ৈহ্না লাইয়াম্ পুমনমকনা খুন্ ভিন্ য়াকা য়াথোক্ লে ॥

লাইয়াম্ সিংনা খুন্ ভিন্ য়াকা য়াথোক্ লবদা পাখঙ্ বগী মকমদা সালাইলেন্ না তাইবং লোল্ চংপু তাক্ পীরে ॥ "ঈচাগী চাদা নাউভানা লাইগী লীচংপু লৌহ্না চংপা য়ারোইয়ে ॥ ঈচাগী চাতা নাউতানা লাইগী লুপনা চংলমবা কীদম্ লৌহ্না চংপস্থ য়ারোইয়ে ॥ ঈচাগী চাতা নাউতা সালাই তরেৎ অসিগী চাতা নাউতানা মাগী মাগী সাগৈ মসেলগী ঈ মসেল্ চালৌ মৌ-লৌনবা য়ারোই ॥ থৌরম্ অসি কাইরবদি পুনসি মুংসাং দ ॥ মীরূপ্ লাইরূপ্ পুমনমককাস্থ য়েক্ নৈ ॥ মপুনসিনা মৌনবা (ফত্তবা) ওই ॥ মাগী-মাগী সাগৈ-সালাই পুমনমককাস্থ য়েকনৈ ॥ মাহাক্ মাহাককী ঈগী (নাউতাগী) স্থথাঙ্ তরেৎলকতা সাগৈ মুংপা ওই ॥" অসিগুমবা রারক্ চৈরাক্ অসিবু লাইনিংথৌ সলাইলেননা সালাইলুপ্ সাখাইগী মচা-মস্তসিংদা তমবীগ্রে ॥ অস্থমনা তমবীগ্রবা, পুথাংকোক্ পাথাংকোক্ অমস্থং ঈথাংকোক্-না চংনগদবা, পাথাপ্ পরিং অসিবু "য়েক্" হাইনা খঙ্ নগ্রে ॥ মমৈথংদা সালাইলুপ সাখাই অমস্থং নাউতাসিংনা "য়েক্-সালা-ই" তরেৎ হাইনা হাইগ্রে ॥০॥

———

## (৪)

## (চৌংমী-তম্‌মোনা মীতৈ ওইব।)

কংলৈপাকতা য়েক্‌-সালাই তরেংকী চাতা-নাউতানা সুথাঙ্‌ সুথাঙ্‌ সনদোকলকতুনা মীগী মীমকতনা কীক্‌-কীক্‌ ইননখ্রে ॥ সাগৈ তরেংকী নাউতানা কংলৈপাক্‌ কৌবা লৈপাক্‌ অসিদা মনিল নাইনা পাললক্‌লে ॥ মঙাঙ্‌ কংলৈ, লুরাঙ্‌ কংলৈ, খুমন্‌ কংলৈ, অঙোম্‌ কংলৈ, মোইরাং কংলৈ, খা-ঙান্‌বা কংলৈ, সালাই লৈসাঙথেম্‌ কংলৈ ... হাইরিবা কংলৈ তরেং অসিদগী সনদোক্‌খিহ্নুনা কংলৈপাক্‌ অসি মীগী মীমকতা ঙাইখ্রে ॥ চীং-মাল্‌, উরক্‌, ৱারক্‌, পাংখি-কোম্‌থি পুমনমক্‌ মীতনা পারে ॥ নিংথৌ তরেংনা পাললিবা কংলৈপাক্‌ অসিগী মাইকৈ মাইকৈদা খুনতা লৈতাননবা, সম্‌জি থাইনা হাইদোকনরক্‌লে ॥ অসুম্‌ সনদোকনখিবনা লোইবী চীংজাও কাহ্নুনা খুনদাকম্‌ খিনরক্‌লে; মহৈ মহৈ খুনদানখ্রে ॥ চীংদা লৈবগী হৌনসা চহি কুমজা-কুমজা নাইনা খুন্‌হোংবু তোইনরে । অমনা অমগী সাজং লোল্‌চংপু উনরক্‌খিদ্রে ॥ কাংলুপ্‌ কাংলুপ্‌, ম:চং ম:চং খাইদোকনরক্‌লে ॥ মহৈ-মহৈ খুন্‌হোং তোইখিবদগী লোলচং সাজং ভীননরক্‌ত্রে॥ কাংলুপ্‌কাংলুপ্‌কী পরিং পাথাপ্‌ নাইনখ্রে ॥০॥

মীতৈ (য়েক্-সালাই তরেৎ) না লোইবী চীংথকতা খুনতা লেপ্লনা লৈরক্পদা তমলুবা লৈতনা মখোইপুমবা হো,-হো হাইবা য়ারা কোলোইবু ঈরোইনখি ॥ হো,-হো হাইবা খোনথোক্ অসিনা মখোইগী হৈনবী ওইনখি ॥ মখোই অহুবু "হো" হাইবদগী থৈথরকতুনা "হাউ" হাইনা খঙ্নরে ॥ চীংদা লৈখি হায়বগীদমকতস্থ "চীংহাউ" হাইনখি ॥০॥

মীতৈ হাইবা ফুরুপ্ অসি সরুক্ অনিথোকনা তরং-তরং উরক্লে ॥ অহান্বা সরুকনা তমপাককী লৈতেম্ মাননবা লমদমদা লৈহৌবা মীতৈ (তমমী) নি ॥ অনিস্থবা সরুক্না চীংদা কানা খুনদাখিবা মীতৈ (চীংমী) নি ॥ অহুনা মীতৈ হাইবা ফুরুপ্ অসি তমমী অমস্থং চীংমী পুলনগা সাবনি হাইবসি মালেম্ অসিদা তসেং-তসেংলে ॥ চীংমীনা চীংদা, তমমীনা তমদা লুংঙাই থোইনা লৈনখ্রে ॥ চীংমীগী লোলচং, তমমীগী লোলচং হাইনা লোলচং অনি থোকখ্রে ॥ অহুতস্থ নত্তনা চীংমীসিংগী মন্নুংদা তোঙান্ তোঙান্বা লোলচং হাইনস্থ অমুক্ খাইদোক্খ্রে ॥ খুন্হোং তোইবনা চীংমীগী মরকতা মচেৎ তাবা, কাংলুপ্ খাইদোকপা হাইবা রাফম্ অহু থোরক্খি ॥০॥

চীংমী তমমীনা চীং অমস্থং তম্দা মীতৈ হাইনা মনিল্ নাইনা, লুংঙাই মরাংকাইনা পাননখ্রে ॥ কৌব্রু চীংগী চীংথকতনা লাইনিংথৌ সানাইলেন্না (সোরারেন্না) পুম্নমক্কী মথক্তা সাইওন্-লাংওন্ তম্বীহুনা লৈখ্রে ॥ মাংদ-মাংদা

হাইখিবা সরোই কাংলুপ্‌কী য়াকম্‌ অমা নিংসিংবা য়াই ......
নাহাল্‌নোং, কৌক্র চীংদা (লোইবী চীংদা) লৈখিবা সরোই কাংলুপ্‌ অহুনা লাইয়াম্‌সিংগী মখুফম্‌বু মুনগে হাইবদগী লানতারক্‌খি ॥ লাল্‌ওংনা মথোং হুকলক্‌ত্রবদ, ঈপুঙ্‌লোইনবা মপু (অপক্‌পা) না "লাইনিংথৌ নোংসাবা" সাইওনহনা সরোইপুমবা হাংখি ॥ সরোই নিংঙোল্‌ চনু অতোনবী অমবু সালাইলেল্‌গী মুংসি মিংয়েং ওইনহনা থাক্‌পীহৌখি ॥ ......
লোইবীচীংদা খুন্‌দাখিবা "হো-হো হাইবদগী "হাউ" হাইনা খঙ্‌নরবা মীতৈসিং অহুনা হৌজিকতি সরে.ই অতোমবীগী মতমবাকতা, (চীংলাইপকতা) য়াঙ্‌গোইদূনবু লৈজরে ॥ সরোইমক্কী মচানি হাইগ্রে ॥

চীংদা অমম্নুং তম্‌দা লৈরিবা মীতৈ (চীংমী+তমমী) না হৌরক্‌ফম্‌ কাংখুন্‌ মাননরক্‌পনা তীননরক্‌পনা পূননা ওসি কাউবা য়েক্‌ সালাই তরেৎতমক্‌ লৈরিবনি ॥ চীংমীসু তমমীসু মীতৈনি মসিগী অরাবা খুদম্‌ অমনা য়েক্‌-সালাইনা লেংজবা চুক্‌নি ॥ হৌরকফম সাংলকফম্‌ লৈজবা য়েক্‌-সালাই ৭(তরেৎ) কী মচা মম্নবু মালেম্‌ অসিদা "মীতৈ" হাইনা খঙ্‌নরি ॥০॥



(৫)

## (হৌরকফম কৌব্রুবা হনবা)

মীতৈনা কৌব্রুদগী হৌরকতুনা কংলাদবু চাউজখি ॥ হন্‌বা (সিবা) মতমদস্থ হৌরক্‌ফম ওইখিবনা কৌব্রুদবু হননরি ॥ হৌরকফম মফম্‌নি হাইবদগী কৌব্রুবু—"অরাং কৌব্রু অস্থপপা, ঈয়েল্‌ খুনদা অহান্‌বা, মুংথৈ মউ লিংলিবা, ঈলিক ঈপান্‌ থারিবা, পোইরৈ মীতৈ খুনদা অহৌবা, লাইজা তুরেল্‌ ঈমাই থৈবা, ঈঙৌ হংথোং লোন্‌বা, ঈম্ন হংচৈ স্নুবা, সালাই সাথোং থিংবা, লেমলৈ ঙাথোং লোন্‌বা, চীংঙৌ খোংফাং চাউবা লাইনিংথৌ —...." অস্থমনবু সৈথানরি ॥ য়েল্‌হৌঙৈদগীনা ঙসি ফাউবা অসিদা পোক্‌প, সিবা হাইবসি; ঈথামক-থাঙমত্রবা খোংফম্‌ অমা ওইররি ॥ পোকপগা সিবগা লৈনবা নকনবা মরী অহু কৌব্রুগা কংলাগা পাংথকনি ॥ কংলাদবু চাউবনা কৌব্রুদবু হন্‌নরি ॥০॥

ঐখোই (মীতৈ) না মালেম্‌থকতা পোকলকতুনা মতম্‌ খজিক্‌মা তাইবং কুমমৈ পাংথোকলমলে ॥ চীংজাও চীংজাও যুকসম্‌লে ॥ খজিক্‌কী ওইবা পুনসিগী চেংজেননদি লোমসিল্লক্‌; তিংলমবা উননদি খুইজিললক্‌; তৌরাং ফকতা য়াতারে ॥ অয়ো মৈনিংদি কুমলক্‌লে ॥ থাক্‌-থাক্‌ হাপকংলক্‌লে ॥ থানা

চাউবা রাংব্রেন্ ঈহোৎরকলে — ( খোং - খুৎপোমলকলে, থাখোং লমবী ) থিংলক্লে ॥ কংলাদবু থুংলহনা কংলায়াইবুং থীল্লক্লে—( খোইদৌ থমবাগ্কাংলক্লে, লাইখোং লমবী ফুনগৎলকলে )॥ মীওইবগী সম্ হরুচাংগী য়াংবীপল্, ওইরিবা; সা পুমনমক্পু লেংহন্দনা অমত্তা ওইনা কোন্সিল্লিবা, "সাকোল্পল্" দবু থুংলরে ॥ লমবী লম্সাঙ্ লাকপনা ঙাইহাক পুঙ্গোইমাবু রানথরে ॥ রানথবা মফমরু রানথপুঙ হায়বদগী "রাংথোন্বী" হায়না খঙ্নব্রে ॥ মথং মথং ওইনা তাইবং পুনসি লম্দাংগী ঈরু-ঈসেংখোং "মুংসেং-খোং" বু য়ৌরকলে ॥ তাইবং মপু সিদবনা পীনরক্পা "হৈ-হা" মিংলেনবু মসুংহন্না খঙ্জরহনা খোৗরাই লান্নবা চীং লাংজীংবু কারে ॥ তাইবংগী য়াইবী খোৗরাইনা কোইনা লাকতুনা লোইবী চীংথকতা লৈররুলবদা পুক্লিংবু মুংওন মুংসিরক্লে; "মকোই মুংওম্চীং" হায়ব্রে ॥ মকোই মুংওম্চীংবু লানথোরকতুনা থম্মুং কিকোই লৌওন্বী ঈমাগী নাকতা থুংলে ॥ তাইবং খোৗরাইনা সীঙ্গুম্ লমরী চংবদা, পলেম্মাগী য়াথংলো, ঙাইহাক্ পুঙ্গোইথেন্ববু, মথৌ ওইনা ঙাক্পগী "থোঙঙাক্ অসিথেল্" কৌয়ে ॥ পুন্সিগী অরোইবা খোংকম্দা তাইবংবু য়োকচবী পলেম ঈমাগা কাইনব্রবদা, পলেম নত্তনা পলমসা, থমমুং থোংবু লৌওনহনা লানথোকপীবু "থমমুং কি-কোই লৌওন্বী" কৌয়ে ॥ থমমুং কিকোই লৌওন্বীনা অসি-থোংবু লান্বীরে ॥ অসি-থোংবু লানহনা, মিত্তা খোমত্তা

ঈহৌরবু ঈমেল্লবগা "তাইবং-পুনসি খোং" পুমনমক্ হাম্লে ॥ "খোং হাম্পাং" নিবু হাইগ্রে ॥ সিংলি-নাউরি, পাকল্লি পুমনমক্না হাম্লবা (মথৌ তৌরবা) দা থৌরাইগী থৌরাই মিরেল্না পলেম্ থমনুংকিকোই লৌওনবীগী হৈনা-তুংইনছনা লাইরেম্বাক্পু পাংগ্রে ॥ মীতৈ হৌফম্ ওইথিবা, লাইনিংথৌ সালাইলেল্ সিদবগী মসাইকোল্ কৌব্রু-সাইরেম্বাক্তা য়োজথি ॥০॥

লাইরিক্ অসিগী লামাই ৫ ফাউবা মী পোক্লক্পগী বা য়াউগ্রে । *লৈমালেল্ সিদবীগী পীবুক্চুংদা থাবুং তরা নাউ পুরুবা অহুবু সাইওন তরা কৌই ।। সাইওন খুদিংগী অমমম্বু লাইপুংথৌ হাইনস্থ থঙ্নৈ ॥ মরম্ অহনা সাইওন্ তরা অহুবু লাইপুংথৌ তরাস্থ কৌই ।। সাইওন্ তরাগী মথং মথং ওইনা:— ১। পনথৌনা পলেম্গী নৌবীফম্দা য়াইবী ঈলিক্-ঈঙৌ পীরবু নোংপোক্ চাংথৈ অপান্পা কৌই ॥ ২। য়াইবী ঈলিক্ ঈঙৌনা মী ওইরক্পদা কোক্ হান্না সেমমী, কোক্পু অরাঙপা কৌপাল্ কৌই ॥ ৩। কোক্ সেমবগা লোইননা লেংজুম্ সারে লেংজুমবু থাং চাং কোইলেল্ লাই সিতবা কৌই ।। ৪। মওং মথং-মথং ওইরকতুনা লাবা অমোম্গী মসক থঙনন্বা কায়াং উফম্ সেমলে; লাবা অমোম্গী উফম্বু রাংপুলেল্ লাই সি-তপ কৌই ।। ৫। নৌরানা পলেম্গী ঈগী খোংকাপপু য়েথংতুনা চাকচা তমলে; সাহৌ লৈসা তাল্লে ; সাহৌ লৈসা তানববু ঈলাই পুলেল্ পুলিংলাই সিতপা কৌই ।। ৬। নৌরানা

পলেম্গী ঈ-চুপ্তুনা, লু, তোং, সিংলি পাফল্লি পুমনমক্ ফাহল্লে, মুংসা হোললে, সামা পাঙগল ফংলেঃ **লাইনিংথৌ পাঙগনপা** কৌই ॥ ৭। নৌরানা লৈলোন্ নোংলোন কায়াং তরামন্নি য়াংথোক্তুনা মুংসা হোল্লবনা, অরাম খোরাংলকলে সা অহু লাই ওইরে, অথোইবা কায়াং অমা ওইরে, **লাইনিংথৌ সলাইলেল সিতপা** কৌই ॥ ৮। পলেম্গী চাখিবা চিনজাকতগী মহাউ মচুমবু নৌরাগী খোইদৌদা লীকলাগুম্ তারকলে, চাকম্ তাল্লে, মেন্ তারে, হরাউ ওয়াম্লে, চোং-ফল্লে, য়াইফহীবু পোকলেঃ **কোনসেন তুলৈসেংপা লনা-ঈ-মহী** কৌই। ৯। নৌরানা তাইবং চীনজাক্কী ময়াই-হী ফংলবনা লাইগী সিংদা চনবা য়াত্রে; তাইবং সীং চললে ॥ পলেমগী নৌবীকম্দগী থাথোঙদা মমাইওন্থা লৌথাগদৌরে; **মা থলৌপা** কৌই ॥ ১০। নৌরানা থাসিং তরা ওইরবদা তাইবং-মীগী লাংওন ফাওরকলে, মপুগী মিংলেল্ মিংথৈ "হুংঙা" বু সোললকলে, হুংঙা সোনজববু পাখঙ্লে; **পাঙ্পা** কৌই ॥ ...... মসিবু সাইওন্ তরা কৌই ॥

মতৌ অস্থুম্ তৌদুনা য়াইবী থৌরাইনা, কৌত্র্ লাইরেবাকতগী ঈলীক্ ঈপান্ থানা (মউ লিংহুনা) হৌরকপনা থম্মুং চংবা (সিবা) মতম্দস্থু কৌত্র্দা হন্নবনি ॥ অসিগুমবা হৌরক সাংলক্পগী লীক্থন্ অসি লৈবা ফুরুপ্ অহুবু মালেম অসিদা "মীতৈ" হাইনা থঙ্নরি ॥ য়েক্-সালাই তারংনা মীতৈগী মসক্ তাক্লি ॥০॥

## (৬)

## ( অপোক্পা খুরুম্বা )

মীতৈ অহৌঙে ময়ুম-ফুঙগা লিংলকপদগীনা ওসি ফাউবা "অপোক্পা" কৌবা লাইবু খুরুমনৈ ॥ কনাম্ব করিম্ব লৈত্রি-ঙৈদা "ঈপুঙ্লোইনবা অপক্পা" মথনতমক লৈরমমী হাইরিবা, মহাক্তগী সাইওন্ লাংওন্তনা পুম্নমক্ ওইখ্রিবা, পোকখ্রিবা পুমনমকপু পোকপা ঈবুংঙো মহাকপু "অপোক্পা" কৌই ॥ ঈপুরোই সিদবা, অতিংআ (অতিয়া) সিদবা, অতিংকোক সিদবা ......অসিনচিংবসি ঈবুংঙো মহাক্কী সাইওন্নি ॥ ঈবুংঙো মহাক্কী সাইওন্-লাংওন্দগী সলাইলেল্ সিদবনচিংবা ওইখ্রে ॥ পুমনমক্পুম্ব অপোক্পনি হাইখ্রে ॥ মীতৈনা অপোক্পা খুরু-মবা অসি মথন্ অহুম থোকনা চংনৈ ॥ য়েক্-সালাইবু পোক্পা, য়ুম্নাক্-সাগেবু মপান্-মউলিংবীরক্পা, পু:রল্ (ঈবুধৌ পাখংবা) বু খুরুমবা, অমা, সাগে সাখাইবু সল্লিবা, "য়েক্সালাই" বু পোক্লিবা ঈপুথৌ পাখঙ্‌ববুম্ব পোক্লিবা লাইনিংথৌ সলাইলেল (সোরারেল্) সিদববু খুরুমবা অমম্বং পুম্নমক্পু সেমবীরক্পা, পোকপীরকপা অপোক্পা ( সিদবা মপু) বু খুরুম্বা অমা; অহুম্'সিনি ॥ অহুম'সিমক... অহুম্

অপোকপা খুরুমবা কৌই ।। অপোকপা খুরুমবনা ঈপা ঈপু মসক খঙই ।। অদুতসু নত্তনা তুরৈ ঈরৈ চেন্‌বনচিংবা লাইথুং তিনথুং কোক্‌ই ।। পুনসি মুংসাংই ।। 'ঈ" সেংই ॥ মদুগীদমক্‌ অপোক্‌পা খুরুমনৈ ।।০।।

ব্রাকম্‌ অমনাঃ— মীতৈনা অপোক্‌পা খুরুমবা অসি মীতৈগী ঈনিংথৌ 'ঈবুংঙো ( কংলৈপাক্‌তা পানখিবা ) চারাইরোংবা' হাক্তক ফাউবা পুথাংকোক্‌, পাথাংকোক্‌না চৎনরক্‌পা পাথাপ্‌ পরিং অদু ঈকাই কাইদনা তৌনরম্‌মী ।। ঈনিংথৌ অসিগী মথাদা হেক পান্‌খিবা, নিংথেম্‌ পাম্‌হৈবা (গরিবনিৱাজ) মহাকতকতগীদি হান্‌নগী চৎনরক্‌পদু থুগাইবা হোৎক্রে পাম্‌হৈবগী মমাং ফাউবদি মীতৈ (য়েক সলাই তরেৎ) না অপোক্‌পা খুরুম্‌বসি অথোইবা লাইথৌ (লাইগী থৌনি থৌরম্‌) অমনি হাইবগীদমক্‌ মুমিৎ থাবান অফবা, চঙ্‌ থোক্‌পা য়েংদুনা তৌনরম্‌মী ।। "কোইলো মুমিৎকুম্‌ মসোঙ্‌ ফন্‌না সচিককুম মঙাল্‌ নাইনা পান্‌জগে" হাইদুনা মচু মমেন্‌ থোকনা কোইলো মুমিৎকী মসকনা তরং তরং উবা অয়ুক্‌কী থোঙ্‌লৈ মতম্‌দা লাইথৌ অসি তৌনরম্‌মী ॥ সাগৈ সাগৈগী পীবাসিং (পীবা, পীবা-ভমথং) না লাইগী থৌরম্‌ থৌসিল্‌লি ।। লৈপাক্‌কী ওইনসু সাগৈ সাগৈগী (য়েক সালাইগী) অহন্‌ তরেৎ থল্‌লগা পুন্‌না লাইগী-লুক হোৱগা লৈপাক চঙ্‌না পাংথোকই ॥ লুকলেল-খুনবা (চাবা) মতমদা মুপা মুপী হাইনা খাইদোকতে; পুন্‌না খুন্‌মিন্‌নৈ ।।০।।

লৈপাক্কী ওইনা সাগৈ সাগৈগী ওইনা মুপা মুপী চঙ্না অপোক্পা খুরুম্বা কৌবা লাইথৌ অসি পাংথোকপনা মুংঙাই-য়াইফ মরাঙ কাইহনা মনিঙ্ তৌনা পাল্লম্মী ॥ মনিঙ তৌরন্বগী হৌনসা মীরৈবাক্না লান্তারকপবু খুদক্তা লাক-সিন্বা ঙম্লম্মী ॥ লাকসিনবদগী হেন্দোকতুনা মীরৈপা-ক্কী য়েক্নবা তেঙ্গোনবু ফাহনা য়েক্নবগী লৈবাক ফাউবা লৌরমমী ॥ অস্নমনা মুপা মুপী অনিমককী পুকচেল খোইজেল তীননবা মনিঙতৌনা পাল্লমবসি : ঈপ ; ঈপু, অপোকপগী থৌজানননি ॥ নিংথেম পামহৈবা হাক্তকতদি মীতৈগী লীচং মাঙহল্লকপনা; লৈপাককী অমমুং সাগৈ সাগৈগী ওইনা অপো-কপা খুরুমনরমবা অহু পুমথিঙ থিংঙ্গে ॥ অপোকপা খুরুমবা কৌবা মীতৈগী মচং অহু লৈরবদি লাকনবা য়াররোই হাইবসি উরহনা পামহৈবনা থিংখিবনি ॥ চুমনা থিংবদা নত্তনা কনা-গুমবনা থৌরম অসি তৌরমলবদি অঙাঙ ওনহললি (হাংতোকই) ॥ অসিগুমবা অহকপা চৈরাক অসি কিখিবনা মীতৈনা লোননা থুপনা অহিং অথেংবা, মীচীক মীরাউখোন্-তাক্রবা মতম্দা বনা থঙহন্দনা ,ঈমুঙ-ঈমুঙদা অপোক্পা খুরুম্নরকলে ॥ কৈরোই লৈকাই থঙখিদননবা হাইহনা থোংলোল্ চেংনা লোনহনা ঈমুঙদা পাঙথোকই; চাবা-থকপা থোং-থাকপনচিংবগী মথী-মকুম্ ফাউবা অহুম্ ঈমুঙদতা লো-ইসিন্নরে ॥ মচন্ মবুং (নিংঙোন্-পীবা) ফাউবা সেংনা থাইদোকলে; হাইবদি নিংঙোন্বু য়াওহন্জে ॥ নিংঙোন্

য়াওরবদি নিংঙোন্, অহুনা ওংলিবা সাগৈ অহুম্ উখিগনি, তাখিগনি অসিনি ॥ মখোইসি য়াউরগা লৈপাক্ সারা সনগ্র-বদি *পাযহৈবগী চৈরাক্ ফংগনি কৌথিবনা নিংঙোন্ মখৈ য়াউহন্ খিব্রে ॥৩॥

মীতৈনা— "অপোক্পা খুরুমবা" থৌরম্ অসি ঈথামক্ থাদোকনদে ॥ থৌরম্ অসিতনা মীতৈগী অথোইবা থৌরম্ (লাইথৌ) নি ॥ মথং মথং ওইনা উমংলাই হয়াউবনচিংবা লৈখ্রে ॥ মীতৈনা মতম্ পুম্বা অপোক্পা নিংই, সোল্লি, খুরুম্মী ॥ য়েক্-সালাই তরেৎকী মনুঙ্দা লৈবা য়ুম্নাক্ সাগৈসিংনা মাগী মাগী হৈকৎ-লৈকৎ ঙাথোং-চাক্থোং তৌনৈ ॥ তোঙান্ তোঙান্বা য়েক্ সালাইগী মওংসিং অহু মখাদা উৎলে:—

মঙাঙ্:— মচু (লৈ) দি অঙাঙ্বা ঈসিঙ্না মুংসেং ঈকোল্, ঙাদি সরেং ঙাংলৈনবা (অঙাঙ্বা), থাঙ্না চাক্থাঙ্ মৈদি মৈয়ৈ, সীংদি সয়ী, লানা চংবী.... অসিনে ॥

লুয়াঙ:— মচুদি অঙৌবা, ঈসিঙ্না লম্কেল্-পাং ঙানা সরেং অঙৌবা (ঙৌরৈনবা), থাঙ্না তোন্হুমবা মৈনা থোইজু কাম্বী, সীংদি হৈকু লানা লারোং —অসিনে ॥

খুমন্:— মচুদি অমুবা, ঈসিঙ্না পুম্লেল্ পাং, ঙানা সরেং মুরৈনবা (অমুবা), থাঙ্না তোন্কক্পা, মৈনা মৈথাঙ্ তরেৎ-মৈ, সীংদি চাউথোং, লানা চংবী— অসিনে ॥

**অঙোম:—** মচুদি নাপু, ঈসিঙ্না কোংবা মৈরোম্বী, ঙানা সরেং নাপু (ঙৌরুনবা), থাঙ্না পুক্নোই (পুক্থাঙ্), মৈদি মৈবা, সীংদি উপল্ (অপন্বা), লানা লারোং অসীনে ॥

**ময়োইরাং:—** মচুদি অরাংবা (মু-ঙাং), ঈসিঙ্না লোকতাক্-পাং, ঙানা সরেং মরাংবা, থাঙ্না মতোক্ পান্বা মৈনা মৈথাং অহুম্-মৈ, সীংনা বুহি, লানা খাংগলা.... অসীনে ॥

**খা-ঙান্বা:—** মচুদি মঙ্গ্রামচু (লুম্না ঙান্বা), ঈসিঙ্না তাকন্-খা (লৈতাং পাং), ঙানা সরেং ঙাং-ঙৌবা, থাঙ্না লাইথাঙ্ চীন্নাইবা, মৈনা লৈখাম্-কাম্বী, সীংনা হৈকেং, লানা লৈহৌলা.... অসীনে ॥

**সালাই লৈসাঙথেম:—** মচুদি অভিংআ মচু (সংলৈনবা) ঈসিংনা তাক্য়েল-পাং-, ঙানা সরেং সংবান্নবা, থাঙ্না থুন্-থোক্-লাইথাঙ্, মৈনা মৈথাঙ্ মঙা মৈ, সীংনা নোংলৈসং, লানা থম্লা (থম্না) — অসীনে ॥

য়েংগদবা :— ১। অপোক্পা খুরুম্বদি সাগৈগী পীবা-সিংতনা লাইথৌ তৌগনি ॥ ২। লাইরিক্ অসিগী লামাই ৭ (তরেৎ) অমসুং ৮ (নিপাল) দা উৎলিবা য়েক্ সালাইবু পোক্পী ঈমা তরেৎকী মমিং অমদি য়েক্-সালাইনা লৈনখিবা তোঙান্ তোঙান্বা মফম্সিং অহু কাউরোইদবনি ॥ ৩। হৈদি মনম্ নাইবা অমনা য়াগনি ॥ ।৪ লাইফিনচিংবা থাংমেৎ নম্থাং, সনা-লুপা চক্পী লৈসং হাপ্কনি ॥ তাইলেল-পুংফাইনা সাগৈ

পুম্নমক্কী নহাইনগনি ॥ ৫। মতম্ মতম্গী অগুম্-অহাউ য়াউগনি ।। ৬। লাইথো তৌবদা মীতাপ মীরান্না তৌরবদি চাক্থেং-ঙাথোং তৌরবদি সাগৈ ময়েং তাই ॥ ৭। মীতৈ (গৈং অমম্বং তম্) ন, ঙপা, ঙপু অপোক্পা খুরুম্বদা সাঙা অনি-মক্ চঙ্‌ই ॥ চাংগী লম্দম্দনা অসোঙবা উমংদা মরাংকা-ইনা সা-ফংবনা সা-সিজিননৈ ।। তম্দনা সা-ফংবা ঙাবা অমদি পাং, ভুরেন্দা মরাংকাইনা ঙ ফংবনা ঙা-সিজিন্নৈ ॥ অহবু মকম্ অমম্বং মতম্গী য়েংহনা পনিমক্ সিজিননবা য়াই (সা -পাং, ঙা-পাং হাইনরিবসিনি) ॥০॥

## (৭)

## ( মৌনবা-য়েক্নবা )

য়েক্লোবা :— য়েক্-সালাই তীন্নবা ঈ-মসেল্ লৌনবা য়াদে ॥ লৌনরবদি পুন্সি ঙংসাংদে ॥ মীরুপ্ লাইরুপ্ পুম্ নমক্কম্ব য়েবনৈ ।। মপুন্সিদা মৌনবা (ফত্তবা) ওই ॥ মাগী -মাগী সালাই পুম্নমক্কপু য়েকনৈ ॥ মহাক-মহাক্কী ঈগী (নাউতাগী) সুথাঙ তরেংলক্তা সাগে মুংলি ।। লৈপাক্কী নিংথৌগী সু অমাঙবা ওই ॥

সাইলুক্ তীন্নবাঃ— মপাদি তীন্নদবা মমাদি তিন্নবা ম্নুপা ম্নুপী লৌন-লৈনরবদি মৌনবা ওই; সাইলুক তীন্নবা কৌই ॥

পেন্নলোন্ তীন্নবা ঃ— মমাবু পোক্লীবী মবেন্গী য়ুম্নাক্ (মমাগী মপাম্) গী চন্থু লৌনফদে, পেন্নলোন্ তীন্নবা কৌই ॥

য়েংগদবা ঃ— ১। য়েক সালাই হোংবদি মমা মপা হাৎপগী লংজবা ফংই; ময়েং তাই ॥ ২। লৈপাক্কী নিংথৌনা য়েক্-সালাইবু মীনম্লবদি মাগী সাগৈ তুম্না মাঙই ॥ ৩। হৌরক্তৈগী য়েক সালাইবু খাংউথক্তা লম্লাল্লুরবস্থ লৈপাক খণ্ডনা অমুক্ হন্জিনগদবনি; মহুনা লৈপাক্ সেম্মী; লৈপাক্ কল্লি ॥ পুন্সি ম্নুংসাংই ॥ য়াইফ মরাও কাই ॥

## মীতৈ য়েক-সালাইগী মনুংদা লৈবা

### সাগৈ-সালাইগী 'লোল্কৈ' উৎপা

য়েংগদবাঃ— ১। মীতৈগী য়েক্-সালাই (তরেৎ) কী মনুংদ লৈবা য়ুম্নাক্-সাগৈ পুম্নমক্কী মমিং ঈবদা ঈয়েক্ ঈপী তরানিপাল্তনা মকোক্ হৌই, অহনা সাগৈগী মমিং উৎপদগ্ব ঈয়েক ১৮গী কাওলুপ্ কাইদনা চত্থরে ॥ ঈয়েক্ ঈপী ১৮ হাইবদিঃ—

| | | |
|---|---|---|
| কোক্ = (ক), | সম্ = (স), | লাই = (ল), |
| মিত = (ম), | পা = (প), | না = (ন) |
| চীল্ = (চ) | তীল = (ত) | খৌ = (খ) |
| ঙৌ = (ঙ), | থৌ = (থ), | রাই = (র) |
| য়াঙ = (য়), | হুক = (হ), | উন = (উ) |
| ঈ = (ঈ), | ফম = (ফ), | অতীংআ = (আ) |

অসিনি ॥

[ মীতৈ ঈয়েক্মক্না ঈগদববু ঈয়েক্কী উনন্ লোইহ্রিবনা ঃদি মীয়াম্না খঙননবা—বাঙ্গালা ময়েক্তা অস্মু উংলে]

২। সাগৈ-সাগৈগীসিংগী মমিং পুমনমক মীতৈগী অসেঙবা ঈয়েক ঈপী ১৮ (রাকোক্লোন হীলেল্ থিলেল্ সালাই অমা-ইলোন পুকোক্ পুয়া) গী মতুংইন্না চৈতপ ওইনস্মু ঃ— ওৎনপ (ো) ইনপ (ি), আনপ (া), ঈনপ (ী), সোনপ (ৌ), য়েৎনপ (ে), উনপ (ু) চৈনপ (ৈ). নুং (ং) অস্মুমনা ঈয়েক্কী মথং মনাউ কাইদনা য়েংবীগনি ॥

৩। য়ুমনাক-সাগৈ অমত্তনা (অমনা) য়েক-সালাইদি অমদগী হেন্না লৈবা য়াউই ॥ মহু খঙ্ননবা য়েক্-সালাই তংরৎ (মঙাঙ্, লুরাঙ্, খুমন্; অঙোম,মোইরাং, খা-ঙানবা, সালাই-লৈসাঙ্.থম) হাইহ্না তোঙান্-তোঙান্না উংলিবা অহুগী মপা-মপাদা সাগৈ অহ্না ওইরিবা য়েক্-সালাইবু (১) হাইনা থাহ্না উংলে ॥ অহুদগীদি অস্মুম্-অস্মুম্ য়েক-সালাই থাইদোক্খিবা অহুগীনা (২), (৩) — হাইনা থাহ্না উংলে ॥ য়ুম্নাক সাগৈ অহুগী হৌরক্পগী অসেঙ্বা য়েক্-সালাইদি (১) হাইনা থারিবা অহুনি ॥

| মসিঙ | য়ুমনাক সাগৈগী মমিঙ্ | মঙাঙ্ | লুৱাঙ্ | খুমন্ | অঙোম | মোইরাং | খাবা-ঙানবা | সরাংলৈশাংথেম | সাগাই |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | **কোক্ (ক) গী কাওল্লুপ** | | | | | | | | |
| ১। | কোংঙচম্ (কোংঙবম্) | ১ | | | | | | | |
| ২। | কোংপম্ | ১ | — | — | ২ | | | | |
| ৩। | কোংপচম্ — | ১ | ২ | | | | | | |
| ৪। | কোন্‌সম্ | ১ | — | ৩ | ৬ | ৫ | | ২ | |
| ৫। | কোলোম্ — | — | — | ১ | | | | | |
| ৬। | কোংকম্ | — | | — | ১ | | | | |
| ৭। | কোনচেংপম্ (কোঙ্গেংবম | — | | — | ৪ | ২ | ১ | ৩ | |
| ৮। | কোংখুব্রাম | — | | — | | ১ | | | |
| ৯। | কোংখাম্ | | | — | — | ১ | | | |
| ১০ | কোইলেল্‌চম(কোইরেঞ্জম) | — | | — | — | ১ | | | |
| ১১ | কোন্থৌচম (কোনথৌজম) | — | | | — | — | ১ | ২ | |
| ১২। | কোন্থৌজম মৈনম | — | — | | — | | — | ১ | |
| ১৩। | কোঙ্গেংবম হাউরোকচম | — | — | | — | | | ১ | |
| ১৪। | কোইজম | — | ১ | | | | | | |
| ১৫। | কোম্থা হাউবম | ১ | | | | | | | |
| ১৬। | কোনহৈবম | — | | — | | — | ১ | | |
| ১৭। | কোথাম | — | | — | — | ১ | | | |

| মসিঙ | য়ুম্‌নাক সাগেগী মমিঙ্‌ | মঙাঙ | লুওয়াঙ | খুমন | অঙোম | মোইরাং | খা-ঙানবা | লৈশাংথেম | সালাই |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৮। | কিয়াম | | | ৩ | ১ | ২ | | | |
| ১৯। | কাংঙবম | ১ | | | | | | | |
| ২০। | কাংঙসংবম | ১ | | | | | | | |
| ২১। | কাংঙসেন্‌বম | ১ | | | | | | | |
| ২২। | কাংইজম | ১ | | | | | | | |
| ২৩। | কাম্‌বম | ১ | | | | | | | |
| ২৪। | কাদাম | | | ১ | | | | | |
| ২৫। | কারাম | | | ১ | | | | | |
| ২৬। | কাত্রম্‌বম | | | ১ | | ৩ | ২ | | |
| ২৭। | কারাউবম | | | ১ | | | | | |
| ২৮। | কান্‌জম | | | ১ | | | | | |
| ২৯। | কাম্বুবাম | | — | — | ১ | | | | |
| ৩০। | কাম্বম | | — | — | ১ | | | ২ | |
| ৩১। | কমবাম | | — | — | ১ | | | | |
| ৩২। | কাপাজম | | | — | — | ১ | | | |
| ৩৩। | কবজম | | | — | — | ১ | | | |
| ৩৪। | কবোরম্‌বম | | | | — | ১ | ২ | | |
| ৩৫। | কাইরেন্‌চম | | | | — | ১ | | | |
| ৩৬। | কায়েন পাইবম | ১ | | | | | | | |

| মসিং | য়ুম্নাক সাগৈগী মমিং | মঙাঙ | লুৱাঙ | খুমন | অঙোম | মোইরাং | খা-ঙানবা | লৈসাংথেম | সালাই |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৩৭। | কসনাম | | | | ১ | | | | |
| ৩৮। | কম্বোং ময়ুম | | ১ | | | | | | |
| ৩৯। | কাংজম | | | ১ | | | | | |
| ৪০। | কৌজেংবম | | | | | ১ | | | |
| ৪১। | কুমাবম | | | | | ১ | | | |
| ৪২। | কুমাম | | | | | ১ | | | |
| ৪৩। | কৈথেল্লাক্পম | ১ | | | | ২ | | | |
| ৪৪। | কৈরেল্সংবম | ১ | | | | | | | |
| ৪৫। | কৈসাম | ১ | | | ২ | | | | ৩ |
| ৪৬। | কৈথেল্পাল্ তাবাময়ুম | ১ | | | | | | | |
| ৪৭। | কৈক্রেনপম | | | | ১ | | | | |
| ৪৮। | কৈকোম্বম | | | | ১ | | | | |
| ৪৯। | কৈক্রম্বম্ | | | | ১ | | | | |
| ৫০। | কৈথেল্লাকপম (মোইরাং সনাক্লংবম) | ২ | | | | ১ | | | |
| | **সম্-(স) গী কাঙ্লুপ** | | | | | | | | |
| ৫১। | সোয়াম (সোইয়াম) | ১ | | | | | | | |
| ৫২। | সোরাম | ১ | ৩ | ৪ | ২ | | | | |
| ৫৩। | সোরেল্সংবম | ১ | | | | | | | |

| [illegible] | য়ুম্নাক সাগেগী মসিঙ | মজাঙ | প্রৱাঙ | গ্নম | ব্রজোম | মোঙ্গ্রা | ধী-জানবা | সামাঙি রোসাজংগম |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৫৪। | সোবাম | | ১ | | | | | |
| ৫৫। | সোয়াম | | | ১ | | | | |
| ৫৬। | সোৱাইসম (সোৱাইচম) | — | | — | ২ | | ৩ | ১ |
| ৫৭। | সোইবম (সোইবম পুগ্রম্বম | | | — | | ১ | | |
| ৫৮। | সোমৱম | — | — | — | — | — | — | ১ |
| ৫৯। | সিনাম (অতোম সিনাম) | ১ | | ২ | | | | |
| ৬০। | সিংথাম | ১ | | | | | | |
| ৬১। | সিঙ্গাম | ১ | | | | | | |
| ৬২। | সিংখরাম | ১ | | | | | | |
| ৬৩। | সিয়াংপম | — | | ১ | | | | |
| ৬ । | সিথুবাম | ১ | | | | | | |
| ৬৫। | সাইথোম | ১ | | | | | | |
| ৬৬। | সাইরেম | ১ | | | ২ | | | |
| ৬৭। | সাভোকপম (সাথোকপম | ১ | | | | | | |
| ৬৮। | সানোজম (সানোসম) | ১ | | | | | | |
| ৬৯। | সাকুংবম | ১ | | — | — | ২ | | |
| ৭০। | সালাম | | ১ | | | | | |
| ৭১। | সকৎপম | — | | ১ | | | | |
| ৭২। | সনথাম (সনদাম) | — | — | ১ | | | | |

| মসিঙ | মনাক সাগেগী মমিঙ্ | মঙাঙ্ | লুৱাঙ্ | খুমন্ | অঙোম | মোইরাং | খা-ঙানবা | লৈসাংথেম | সালাই |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৭৩। | সগোসম (সগয়োম) | — | — | ১ | — | — | — | ২ | |
| ৭৪। | সনসেনবম | — | — | ১ | — | — | ২ | | |
| ৭৫। | সাংথোম | — | — | ১ | | | | | |
| ৭৬। | সাপম | ১ | — | ২ | | | | | |
| ৭৭। | সঙোম্বম (সাঙম্বম) | — | — | — | ১ | | | | |
| ৭৮। | সাইরোম্ (সারোম্) | — | — | — | ১ | | | | |
| ৭৯। | সাঙম্ | — | — | — | ১ | | | | |
| ৮০। | সরোম কৈকাপম্ (সরোম কৈক্রম্বম) | — | — | — | ১ | | | | |
| ৮১। | সন্থোম্ | — | — | ২ | — | ১ | | | |
| ৮২। | সঞ্জিবম্ | — | — | — | — | — | ১ | | |
| ৮৩। | সমনোইপম | — | — | — | — | — | — | ১ | |
| ৮৪। | সরাংথেম (সঃ নাউরোইবম) | — | — | — | ২ | — | — | ১ | |
| ৮৫। | সরোথাইবম (সারোংথাইবম) | — | — | — | ২ | — | — | ১ | |
| ৮৬। | সনসিনবম | ১ | | | | | | | |
| ৮৭। | সানা রাইবম | ১ | | | | | | | |
| ৮৮। | সালাম (হাউবোংবম) | — | ১ | | | | | | |
| ৮৯। | সগপ্পম | — | — | ১ | | | | | |

| মসিঙ | য়ুম্নাক সাগেগী মমিঙ্ | মঙাঙ | লুৱাঙ | খুমন | অঙোম | মোইরাং | খা-ঙানবা | সালাই লৈসাংথেম |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৯০। | সমবন্দুরাম | — | — | — | ১ | | | |
| ৯১। | সাংদোনজম | — | — | — | ১ | ২ | | |
| ৯২। | সনজিরাম | — | — | — | — | — | ১ | |
| ৯৩। | সমজেৎসাবম | — | — | — | — | — | ১ | |
| ৯৪। | সমুক্চম | — | — | ১ | | | | |
| ৯৫। | সাকাপ্পম্ | — | ১ | ২ | | | | |
| ৯৬। | সঙোকপম | ১ | | | | | | |
| ৯৭। | সানা সাবম | ১ | | | | | | |
| ৯৮। | সত্থানত্রাম | — | ১ | | | | | |
| ৯৯। | সগোল্সেম | ১ | | | | | | |
| ১০০। | সগোল্হঞ্জবম | ১ | | | | | | |
| ১০১। | সঙাইসেম | ১ | | | | | | |
| ১০২। | সনবাম | ১ | | | | | | |
| ১০৩। | সনসম্ | ১ | | | | | | |
| ১০৪। | সীংখাঙবম | ১ | ২ | — | — | ৩ | | |
| ১০৫। | সোগ্রাকপম | ১ | | | | | | |
| ১০৬। | সোবাম (সোব্রাম) | — | ১ | | | | | |
| ১০৭। | সোকাইজম (সোগাইজম | — | — | ১ | | | | |
| ১০৮। | সেঞ্জম (সেঞ্জম লাইবকতাবম) | ৩ | ২ | — | ১ | | | |

| মসিঙ | য়ুম্‌নাক সাগৈগী মমিঙ | মঙাঙ | লুৱাঙ | খুমন | অঙোম | মোইরাং | খা-ঙানবা | লৈশাংথেম | সালাই |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১০৯। | সেন্‌সম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ১১০। | সেরাম | ১ | — | — | ২ | | | | |
| ১১১। | সেন্দাং ময়ুম | — | — | — | ১ | | | | |
| ১১২। | সেম্বাংজম | — | ১ | | | | | | |
| ১১৩। | সেনতম | — | — | ১ | | | | | |
| ১১৪। | সুখাম | ১ | | | | | | | |
| ১১৫। | সুরাইসেম | — | — | — | — | — | — | ১ | |
| ১১৬। | সংলেম | ১ | | | | | | | |
| ১১৭। | সংদোঙ্গম | — | — | — | ১ | | | | |
| ১১৮। | সংগাইসেনবম | ১ | | | | | | | |
| ১১৯। | সংখুবম | — | — | — | — | — | — | ১ | |
| ১২০। | সংলেল ময়ুম | ১ | | | | | | | |
| ১২১। | সংঙম | — | — | — | — | — | ১ | | |

## লাই — (ল) গী কাঙসুপ

| মসিঙ | য়ুম্‌নাক সাগৈগী মমিঙ | মঙাঙ | লুৱাঙ | খুমন | অঙোম | মোইরাং | খা-ঙানবা | লৈশাংথেম | সালাই |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১২২। | লোইতোংবম | ১ | | | | | | | |
| ১২৩। | লোইতাম | ১ | — | — | ৩ | — | — | ২ | |
| ১২৪। | লোংজম | — | — | — | ১ | | | | |
| ১২৫। | লোংমাইথেম | — | — | — | ১ | | | | |

| মমিঙ | য়ুম্নাক সাগৈগী মসিঙ | মঙাঙ | লুৱাঙ | খুমন | অঙোম | মোইরাং | খা-ঙানবা | লৈশাংথেম | সলাই |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১২৬। | লোকতোংবম (লোকতোনবম) | — | — | — | ২ | — | — | ১ | |
| ১২৭। | লোইজায়াংবম | — | — | ১ | | | | | |
| ১২৮। | লোং খুমকচম | — | — | ১ | | | | | |
| ১২৯। | লোইরেঙ্গম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ১৩০। | লোংজম (রাংখেম) | — | — | — | — | — | ১ | | |
| ১৩১। | লিমাবম (লীকমাবম) | — | — | ১ | | | | | |
| ১৩২। | লিসম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ১৩৩। | লাইকংবম্ | ১ | ২ | | | | | | |
| ১৩৪। | লান্থম্ | ১ | — | ২ | | | | | |
| ১৩৫। | লাংতেম্ (লাংদেম) | ১ | — | ২ | | | | | |
| ১৩৬। | লাংপোক্লাক্পম (লাং: ..চীংকাবম) | ১ | | | | | | | |
| ১৩৭। | লাইরেঙ্গম | — | ১ | | | | | | |
| ১৩৮। | লাইসোম্ | — | ১ | | | | | | |
| ১৩৯। | লামবম | — | — | ১ | | | | | |
| ১৪০। | লাইখুরাম | — | — | ১ | | | | | |
| ১৪১। | লাইস্রম (লাঃ লাইখুরাম | — | — | ১ | | | | | |
| ১৪২। | লাইস্রম নিংথৌকাবম | — | — | ১ | | | | | |

| মসিঙ | য়ুম্নাক সাগৈগী মমিঙ | মঙাং | লুৱাং | খুমন | অঙোম | মোইরাং | খা-ঙানবা | সালাংলৈশাংথেম | [illegible] |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৪৩। | লাখোম | — | — | ১ | | | | | |
| ১৪৪। | লাংগম্ (লাংকম) | — | — | ১ | | | | | |
| ১৪৫। | লাংহৈবম্ | — | — | ১ | | | | | |
| ১৪৬। | লাইতোঞ্জম্ | ১ | — | — | ২ | | | | |
| ১৪৭। | লাইরেম্লাক্পম্ | — | — | — | ১ | | | | |
| ১৪৮। | লমপুজম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ১৪৯। | লাইচুজম (লাইজুচম) | — | — | — | — | ১ | | | |
| ১৫০। | লাইফ্রাক্পম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ১৫১। | লাইরেল্ ময়ুম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ১৫২। | লাঙ্গোনজম | — | — | — | — | — | ১ | ২ | |
| ১৫৩। | লাইসংবম | ১ | — | — | ২ | | | | |
| ১৫৪। | লাকপম সাবম | — | ১ | | | | | | |
| ১৫৫। | লাংলেন্হনবম | — | — | ১ | | | | | |
| ১৫৬। | লাইশ্রাম | — | — | ১ | | | | | |
| ১৫৭। | লমাবম | — | — | ১ | | | | | |
| ১৫৮। | লাইচুজম্ | — | — | — | — | ১ | | | |
| ১৫৯। | লম্বজম [ লম্বুজম ] | — | — | — | — | ১ | | | |
| ১৬০। | লাইথংবম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ১৬১। | লাইথুজম | — | — | — | — | ১ | | | |

| মমিঙ | য়ুম্নাক সাগেগী মমিঙ | মঙাঙ | লুৱাং | খুমন | অঙোম | মোইরাং | খা-ঙানবা | লৈশংথেম | সালাই |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৬২। | লাইয়ুজম্ | — | — | — | — | ১ | | | |
| ১৬৩। | লম্লৈরাক্পম্ | ১ | | | | | | | |
| ১৬৪। | লাইপুব্রাম | — | — | ১ | | | | | |
| ১৬৫। | লান্কম | — | — | ১ | | | | | |
| ১৬৬। | লাংখম | — | — | ১ | | | | | |
| ১৬৭। | লাইখুরুম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ১৬৮। | লৌউজুংবম | ১ | | | | | | | |
| ১৬৯। | লৌক্রাক্পম | ১ | | | | | | | |
| ১৭০। | লৌরেম্বম | ১ | | | | | | | |
| ১৭১। | লৌরাংবম | ১ | | | | | | | |
| ১৭২। | লৌপম (লৌপাম) | — | ১ | | | | | | |
| ১৭৩। | লৌসিগাম | — | | — | — | — | — | ১ | |
| ১৭৪। | লৌরিয়ান্ | ১ | | | | | | | |
| ১৭৫। | লৌরিয়াম | — | — | — | ১ | | | | |
| ১৭৬। | লৌখাম | — | ১ | | | | | | |
| ১৭৭। | লৌখাম্বম | — | ১ | | | | | | |
| ১৭৮। | লৌকংবম | ১ | | | | | | | |
| ১৭৯। | লেথাম | ১ | | | | | | | |
| ১৮০। | লুক্রাম (লুঃ নোইন ঙাবম | ১ | | | | | | | |

| মসিঙ | য়ুমনাক সাগেগী মমিঙ | মঙাঙ | লুৱাং | খুমন | অঙোম | মোইরাং | খা-ঙানবা | সলাইলৈসাংথেম | সালাই |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৮১। | লুৱাংসংবম | — | ১ | | | | | | |
| ১৮২। | লুম্‌কম্‌বম্‌ | — | — | — | — | — | — | ১ | |
| ১৮৩। | লুসোন্‌জম্‌ | — | — | — | — | ১ | | | |
| ১৮৪। | লৈসোংবম্‌ | ১ | | | | | | | |
| ১৮৫। | লৈচোন্‌বম্‌ | ১ | | | | | | | |
| ১৮৬। | লৈমাপোক্‌পম | ১ | | | | | | | |
| ১৮৭। | লৈমাসংবম | ১ | | | | | | | |
| ১৮৮। | লৈত্রাম্‌ | ১ | | | | | | | |
| ১৮৯। | লৈতানথেম্‌ | — | — | — | ১ | | | | |
| ১৯০। | লৈমচম্‌ (লৈমাজম্‌) | — | — | — | — | ১ | | | |
| ১৯১। | লৈতাম্‌ | — | — | — | — | — | — | ১ | |
| ১৯২। | লৈসাংথেম্‌ | — | — | — | — | ২ | — | ১ | |
| ১৯৩। | লৈবুংবম | ১ | | | | | | | |
| ১৯৪। | লৈমায়োক্‌পম | ১ | | | | | | | |
| ১৯৫। | লৈরোংজম | — | ১ | | | | | | |
| ১৯৬। | লৈমাখুজম্‌ | — | — | — | — | ১ | | | |
| ১৯৭। | লংমাইথেম | — | — | — | ১ | | | | |

মীত—(ম) গী কাঙলুপ

| মসিঙ | য়ুমনাক সাগেগী মমিঙ | মঙাঙ | লুৱাং | খুমন | অঙোম | মোইরাং | খা-ঙানবা | সলাইলৈসাংথেম | সালাই |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯৮। | মোইরাঙথেম | — | — | — | — | ১ | | | |

| মসিং | য়ুমনাক সাগৈগী মমিং | মঙাঙ | লুৱাঙ | খুমন | অঙোম | মোইরাং | খা-ঙানবা | লৈসাংথেম | সালাই |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯৯। | মোইচেম | ১ | — | ২ | | | | | |
| ২০০। | মোইরাংনিংথৌময়ুম | ১ | | | | | | | |
| ২০১। | মোইজম | — | — | ১ | | | | | |
| ২০২। | মোইরেংজম | — | — | ১ | | | | | |
| ২০৩। | মোংজম | — | — | ১ | | | | | |
| ২০৪। | মোংকিজম (মোংবিজম) | — | — | ১ | | | | | |
| ২০৫। | মোইরাং লাইসংবম | — | — | — | ১ | | | | |
| ২০৬। | মোংসাতাবম (মংসাত্তবম) | — | — | — | ১ | | | | |
| ২০৭। | মোইরাং কৈথেল্লাকপম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ২০৮। | মোইরাং নারেংবম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ২০৯। | মোইরাং নোংথোনবম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ২১০। | মোইরাং য়ুমথাইবম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ২১১। | মোইরাং ময়ুম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ২১২। | মোইবুং লোকপম | ১ | ২ | | | | | | |
| ২১৩। | মোংবীজম | — | — | ১ | | | | | |
| ২১৪। | মোনক্রাং ময়ুম | — | — | — | ১ | | | | |
| ২১৫। | মোইরাং চোংথাম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ২১৬। | মোইরাংথেম ঙাংখরু বম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ২১৭। | মোইরাংথেম মুংলেপপম | — | — | — | — | ১ | | | |

| মসিঙ | য়ুম্নাক সাগৈগী মমিঙ | মঙাঙ | লুৱাঙ | খুমল | অঙোম | মোইরাং | খা-ঙানবা | লৈসাংথেম | সলাই |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ২১৮। | মোইরাংথেম ঙাঙোম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ২১৯। | মোইরাং কৈথেল্লাকপম স্নারুংবম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ২২০। | মোইরাংথেম গুক্রম্ | — | — | — | — | ১ | | | |
| ২২১ | মোইরাং রাংথেম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ২২২। | মোইরাং খাইরাকপম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ২২৩। | মোইরাং লাইরেলময়ুম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ২২৪। | মোনকুরাম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ২২৫। | মোইখোংবম | — | — | — | — | ১ | | | |
| ২২৬। | মোরিময়ুম | — | — | — | — | — | ১ | | |
| ২২৭। | মাইস্নাম্ | — | ১ | | | | | | |
| ২২৮। | ময়াংলম্বম্ | ১ | — | ৩ | ৪ | — | — | ২ | |
| ২২৯। | ময়েংবম (মৈয়েংবম) | — | ১ | | | | | | |
| ২৩০। | ময়াংলমফম (ময়াংলম্বম | — | — | ১ | | | | | |
| ২৩১। | মাইফম (মাইবম) | — | — | ১ | | | | | |
| ২৩২। | মাইবম হিদাকফংবম | — | — | ১ | | | | | |
| ২৩৩। | মাইরা খোংচাময়ুম | — | — | ১ | | | | | |
| ২৩৪। | মাইব্রম্ | — | — | ১ | | | | | |
| ২৩৫। | মাইমোম্ | — | — | ১ | | | | | |

